# খুমন কংলৈরোল

অমসুং

## লাইখুরাম শাগেগী মৈহৌরোল



ইথোকপা :—

লাইখুরাম ইবোবী

বাংথৈ কৈথেল অশাংবী,

ইম্ফাল।

অইবা অমসুং অফোঙবা :






**লাইখুরাম ইবোবী,**

বাংখৈ কৈথেল অশাংবী, ইম্ফাল।

(১) ফাউন্দর জেনরেল সেক্রেটরী,

মনিপুর প্রদেশ কংগ্রেস কমিটি (আই), ইম্ফাল।

(২) এক্স-গভর্নিং কাউন্সিল মেম্বর,

নেসনেল কো-ওপরেটিভ ইউনিয়ন অফ ইন্দিয়া,

নিউ দিল্লী।

(৩) সেক্রেটরী, মনিপুর পোলিটিকেল শফররস

এসোসিয়েসন, ইম্ফাল।


অহানবা খুংনম :—জুন, ১৯৯৮

কপী মশীং :—১,০০০

মমল :—লুপা ৩৫-০০

*Printed at :*

**M/S PREMIER PRESS**
Wangkhei (Near Eastern Ground)
Imphal-795001.



**K. BABUDHON SINGH**

*Speaker,*

LEGISLATIVE ASSEMBLY, MANIPUR

তাং ১৮।৫।১৯৯৮



# য়াইফ পাওজেল

শ্রীযুক্ত লাইখুরাম ইবোবী সিংহনা ইবা **"খুমন কংলৈরোন অমসুং লাইখুরাম শাগৈগী মৈহৌরোন"** হায়বা লাইরিক অসি মমুৎ তানা পাজবে। লাইরিক অসিদা অইবনা খুমন শলাইগী হৌরকফম অদি মহাক্কী চাদা নাওদাশিং অহু মরিক চুম্না উৎনবা লাক্লী। হেন্না ফজবা মতাংদি, পোইরৈতোন্না খুম্হোকত্রিঙৈগী মমাংদা লমদম অসিদা খুমম্না হাম্না খুন্দারম্বগী ৱারি অমা য়াওরিবা অসিনী। কংলৈ মৈতৈ নিংথৌশিংগা খুমনশিংগা চারৌ-মৌরৌনরকপগী মম্বেক লারবা খুদম কয়া পীহনা লমদম অসিদা মৈহৌরোনদগী শলাই খুদিংমক্না পুন্না হুংশিননা খুন্দামিম্মরকপগী হুংশিরবা ৱারি অমস্থু লীনবা হোৎনরিবা অসিনা লাইরিক অসিবু অমুক্কা হেন্না মগুন লৈহল্লী।

*P.T.O.*

অরোইবদা, খুমন শলাইগী মঙ্গুংদা লৈরিবা য়ুম্লাক শাগেশিং অমদি মরু ওইনা লাইখুরাম শাগেগী ময়েক লারবা চাদা-নাওদা কয়াবু মরিক চুম্ন। উংনবা হোৎনরিবা লাইরিক অসি মীপুম খুদিংমক্না পাবা য়াবা লাইরিক অমনি হায়নিংঙি। লাইরিক অসি খুমন নিংথৌ-রোলগী লম্বুগা লাইরিক অমনি হায়বস্মু য়াই। অতুবু, লমদম অসিগী মৈহৌরোন অমদি য়েক শলাইগী চাদা-নাওদাগী মরমদা হেন্না থিজিনবা লোয়নবা মীয়ামদা হেন্না ময়েক লানা থগুহনবা অমদি হৌভিকমক তঙাই ফদবা ওইরি। মাইগৈ অসোমদা অইবনা হেন্না খুমাং চাও-শিল্লকনি হায়না আশা তৌরী।

শ্রীযুক্ত লাইথুরাম ইবোবী সিংহগী "খুমন কংলৈরোন অমসুং লাইখুরাম শাগেগী মৈহৌরোন" মপুং ফানা মায় পাকপা অমা ওইনমু হায়না ঐহাক্কী মাইগৈদগী পাওজেল পীজরী।

কারাম বাবুধোন সিংহ
স্পিকর,
মনিপুর লেজিসলেটিভ এসেমব্লি

# নুংঙাইজবা পাওজেল

"খুমন কংলৈরোন অমসুং লাইখুরাম শাগৈগী মৈহৌরোন" হায়বা লাইখুরাম ইবোবীনা থোমজিল্লগা পুথোকপা লাইরিক অসি পাঙ্গরে। লাইরিক অসি পাবদগী ঐঙোন্দা ফাওরকপা নুংঙাইজবা থম্মোইগী ঈস্থন থরদং মথাদা থমজরী।

মতম কুইনা মমি শাম্নদুনা লৈরক্লিবা মৈতৈ কাংলুপকী পারী পুরী মৈহৌরোনগী শক্তম অসি, লাইরিক অসিনা শরুক থরদি মেনখৎলগনি হায়না থাজবা পোকই। তরু তরুবা শক্তম উদ্রবস্তু, মশেন মবাং মমিদি তারি। ওস্লিংঙ মতমদদি ঐথোংগী পোইরৈ লৈপাক লৌভিজকী মনিপুর অসি, "মেক তরেংকী লৈপাক তরেৎতা নিংথৌ তরং পাল্লম্বগী মমি তারি।" মসিদা মঙাং ঈয়েক লৌভিজকী নিংথৌজা কাংলুপকীদি মপুং ফানা মকা লান্না পাক-শন্না লৈরে। অতৈ কাংলুপকীদি অমম্বা কাগী মসুংদা পোরোন থাজিন্দুনা থমখিবনা মমি ফাওদা যুৎশিল্লক্লে। অমম্বা কাগী পৌরোন শৎতুনা, মসুংদগী কোর্বেক মশাম পুথোক্লুনা, শিথহোরবা কাংলুপকী তরু তরুবা শক্তম উংনবা হোংনবদা লাইরিক অসিনা কময়ানবা ওমা ওইনা অচৌবা থৌদাং লৌরগনি হায়না থাজবা ফাওই।

তৌইগুম্বসুং হিরম অসি পায়বদা অরাম্বদি নত্তে। মতম শাংনা মীরাইবীদুনা লৎনদুনা থম্বীবদগী মতৎ-মতৎ মচেৎ-মচেৎ চাইথোক্লুনা লৈরিবসি থোমজিন্দুনা মপুং ফারবা শক্তম শাগৎতুনা, শিথহৌরবা কাংলুপকী পারী পুরীগী শক্তম অমা পুথোকপা হায়বসি, অরাবা থুদোংথীবা কয় মায়োক্লগনি। অসিগুম্বা অরাবা কয়া থাঙবীদুনা লাইরিক অসিবু পুথোকপীরিবা লাইখুরাম ইবোবীবু থাগৎচরী।

মতুংদসু ইবোবীগী থোর্ব্জেদগী চেষ্টরকপা ঈরীক ঈশেংনা, কাংলুপ অসিগী পারী পুরী অমসুং চৎনরোনগী শক্তমদা তৈরিবা অমোৎপা কয়া চামথোক্লুনা, তরু তরুবা শক্তম পুথোকপীরকখিগনি হায়না থাজবা থমজরী।

মুমনাম-চা ব্রজিচন্দ্র
গবেষনা ভুষণ
তাং ২৫। ৫। ৯৮ ইং

# হীরম লামাই



# থাগৎচবা

লাইবিক মচা অসি ফোঙনবগী হোৎনরকপদা শেলগী তেংবাং পীবীরকপা অমসুং শেন্থং পীবীরকপা পুম্নমকপু থাগৎচবী।

তেংবাং পীবীরকপশিং :—

১। মাইবম কুঞ্জো সিংহ, মিনিষ্টর,
ভেটিরিনারি এণ্ড এনিমেল হজবেন্দরী — লুপা ৩০০ /-

২। লাইখুরাম নিরঞ্জয়, বাংখৈ — লুপা ২০০ /-

৩। ডাঃ এলঃ তোমচা খুমন, বাংখৈ — লুপা ১০০ /-

৪। লাইখুরাম ইবোবী সিংহ,
য়াইরিপোক বিষ্ণুনহা — লুপা ১০০ /-

মখাগী য়ুম্নাক খরদী খুমন শলাইগী শাগৈশিংগী লিষ্ট অদুদা য়াওখিদ্রে, মসী অতোপ্পা লাইরিক্কী ফংজবনি। ১। বাংকোময়ুম ২। খুলেম ৩। থাউদেম ৪। তেলেম ৫। খুংহৈবম ৬। লাংথম্বম ৭। শরাম-ময়ুম ৮। শেন্তম ৯। অক্রাম ১০। পাইখাইজম ১১। অকাউজম ১২। অহোঙবম ১৩। থোঙজময়ুম ১৪। য়াইফুরাম ১৫। অশাংবম।

---

হক পুম্নমক অইবগীনি।

থেংনজে। অদুগা ইং শোক ১৭৬০ দা অদুরাইদসু নিংথৌয়েল চীংথংখোম্বনা খুমন নিংথৌ হাপখি। মহাক্কী মমিং কালরাজ কৌই হায়বগী ৱারী থেংনজে। অদুবু হায়রিবশিং অসি খুমন কংলৈরোল্দদি য়াওবা থেংনজদে। করি মরমদগী খুমন কংলৈরোল্দা মখোয়গী মমিং য়াওদ্রিবনো অদুগা অসুম তৌনা খুমন নিংথৌ কয়া য়াম্না কংলৈরোল্দা মিং য়াওদনা লৈরিবগে হায়বদু থিজিনবা চুহ্নবনী।

পুম্নমক অসি লৈরবসু মতম কুইনা খুমন লৈবাক্তা নিংথৌ পাল্লকুবগী ৱারীদি অদুম্মক লৈরগনি খঞ্জে। মদুগী ওইবা য়াবা মরম খরদি মতম শাংনা কংলৈদা মঙাংনা নিংথৌ ওইরকুবদগী নোংদা লাইরেন পাথংবা লাকপদগীদি নোংম-নোংমগী মঙাং নিংথৌ,জাশিংগী পাঙ্গল কুনথংলকপা, অমরোমদনা মনিপুরগী তম্পাক্কী শরুক ৩ থোকপগী শরুক ১ রোম চাউবা, মীশিংদা য়েংলবসু অদুম্নক য়ায়া খুমনগী লৈবাক অসিনা অৱাংদা অঙোমগা মঙাংগা তাইনবা, নোংচুপ্তা চেংলৈগা মোইরাংগা তাইনবা অসিনি। মোইরাংগা তাইনবগী মতাংদদি লোক্তাক ময়ায়দা চেল্লিবা খোর্দাক তুরেল ময়ায়দ। লমখৈ ওইনবা অসিনি। চেংলৈগা তাইনবদি য়াংগোই তুরেলনা থায়রী। লোক্তাক্কী ঈশিং ঈয়ায়দা লমখৈ ওইনবা লৈবাক অনি অসিগী মীশিংনা মুমিং খুদিংগী খংনবা য়াবগী মরম অদুম্মক লৈ। খুমন লৈবাক্কুদি মীশিং য়াম্না অচৌবা লৈবাক ওইবনা মোইরাংবু ৱাহনবগী ৱারী অদুম্মক লৈরি। পুম্নক অসি য়েংলগা মঙাংগী কংলৈ নিংথৌনা অঙোম, মোইরাংনচিংবগা লোম্নরগা খুমন্দা ৩৫-লৈদুনা পানদা ডমহন্দনবা তোংনবা য়াবগী মরম লৈবদগী মতম কুইনা খুমন লৈবাক নিংথৌ পানখিদবনি হায়না লৌবা য়াই।

## খুমনগী লম

মতম অদুগী খুমনগী লমদি নোংমাইজিং চীংগী নোংপোক থংবা শরুক তুইকপ, অন্দ্রো, পোইরৈ খোংজিন, কাইরিপোক, সেক-মাই, উখাংশাং, থৌবাল, ৱাংজিং, খোংজোম, ককচিং, পল্লেল,

ৱাবগায়, হিয়াংলম, ৱাইখোং, থোংজাউ, ৱাংঙু, শুগুনু, সেকমাই-জিন, উচিৱা, ময়াং ইম্ফাল, ৱাঙ্গোই, শামুৱৌ, হৈপোকচীং, লিলোং, চজিং, কারাম অসিনচিংবা লৈরিবা লমশিং অসিনা কোনবনী। হৈপোকচীংদগী ইথাই য়ৌবা ফাওবা অসি নম্বুল তুরেল মরিলনা থায়বনি। নম্বুল তুরেল মরিল অসিমক্তদা নম্বোলদগী লমাংদোং য়ৌবা ফাওবনা য়াংগোই তুরেল কৌই অতুগা লোক্তাক ময়ায়দা চেল্লগনা খোর্দাক কৌরিবনী। ইথাইদগী তুরেল অচৌবা মরিল অতুনা চকপীকারোং য়ৌবা ফাওবা অসি তুরেলগী অৱাং-নোংপোক থংবা শরুক অসি মতম অতুগী থুমনগী লমথৈনী।

## পোইরৈতোন

থুমন নিংথৌ পোইরৈতোনগী মতাংদা হায়ভনিংবদি পোইরৈ-তোনগী মরমদা ইবা লাইরিক য়ামথে। শৌইগুম্বস্নুং অমগা অমগা ইমান মায়দে। পোইরৈতোন অসি লৈপুং থোংঙারেনগী মনাও-নীপানি অতুগা লৈমা লৈনাউত্তাবী অসিমা মতৈমনি হায়বা লাইরিক থরস্নু অতুম্মক থেংনজে। অতুম্নদি ওইরবদা পোইরৈতোনগী মপাদি থুমন নিংথৌ থারারেম্নি অতুগা থারারেনগী মপানা থুমন নিংথৌ হৈরোংঙাং থাঙাংলেম্নি হায়বসি থুমন কংলৈরোম্দা ময়েক শেংনা য়াওবা অতুগা লৈপুং থোংঙারেনগী মপাগী মমিংদি থেংনদবা অতুগীস্নু মথক্তা হৈরোংঙাং থাঙাংলেম্মা থুমন নিংথৌ ওইরিবৈগী মতমদা থারারেম্মা মচানীপা অতোম্বা পোইরৈতোননা চৈংগী অথাপ্পদা থয়দোক্তুনা থম্লগা মহাক মশামক্তা লৈপুং থোংঙারেনগী মতেং পাংতুনা থম্নং লৈবাক্তা লৈরকপগী ৱারী অসি কুপ্না নৈনরুরগা মখোয় অনি অসি মপা-মচানি হায়বদা নাতৈ চারক্তবা অমস্নুং লৈমা লৈনাউত্তাবী অসি লৈপুং থোংঙারেনগী মচামুপীনি হায়বা লাইরিক কয়ামুকস্নু থেংনরকপা অসিনা পোইরৈতোনগা লৈপুং থোংঙারেনগা মচিন-মনাওনি হায়বসি থাপতোরকপগুম তৌই। হৈরোংঙাং থাঙাংলেম্মা থুপথুবা মতমদা থারারেম্মা থুমন নিংথৌ ওইরবা কান্দা লৈপুং

থোংঙারেম্না পোইরৈতোনবু মহাক্কী মনাক্তা কৌশিন্দুনা মতেং পাংহনখিবগী ৱারী চাউনা লৈরী। পোইরৈতোম্না লৈমা লৈনাউত্তাবীগা লোয়নবা লাক্লগা কংলৈদা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লিলৈগী মতমদা ইংকুমজা ৩৩ চগুশিল্লকপদা থাৱারেম্না খুমন কোম্মুংদা লৈখিদ্রবা কান্দা পোইরৈতোম্না মপাগী থৌরম পাঙথোক্লবা খুমন কোম্মুংদা চংখিবা মতমদা খুমন মীয়াম্না মহাকপু খুমন নিংথৌ হাপখ্রে। মহাক্না কংলৈগী কোম্মুংদা লাক্কুনা নোংদা লাইরেন পাখংবগা উন্নদুনা মহাক্তি খুমন নিংথৌ ওইরে অদুনা কংলৈগী ফম্বালগী অয়েৎপা লৈরোই, ঐথোয় অনি অমগা অমগা পাংনশি হায়বগা লোয়নবা মচন্মুপী লাইসনাবু নোংদা লাইরেন পাখংবগা লোয়নবা লুহোংদুনা লাইসনাবু কংলৈগী লৈমরেল ওইহনখী। মতম অদুগী মমাংদগী লুৱাংগী মীয়াম্না পোইরৈতোনবু লুৱাং লৈবাক্তা নিংথৌ ওইরনবা কয়ারক হায়রকখিবগী ৱারী লৈরী। পোইরৈতোম্না চহী ৯১ রোম খুমন্দা নিংথৌ ওইরবা মতুংদা মচানীপা শিংতাপুংদা নিংথৌ খুভম শিম্মরম্লগা লুৱাংদা চংদুনা লুৱাং নিংথৌ ওইখী। মরম অসিদগী লুৱাং কংলৈরোন্দশু পোইরৈতোনগী মিং য়াওদুনা লৈরিবসিনী।

পুথোকচরিবা লাইরিক অসিনা নৌনা থিজিল্লক্লিবা নহারোলশিংদা খরদ ওইরবস্থ কান্নবা ফংলবদি লাইরিক অসি পুথোকচংগী মহয় য়াল্লে খঙ্গনী।

মতেং লৌথিবা লাইরিকশিং :—

১। খুমন কংলৈরোন :—বাই নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ

২। চৈথারোল কুম্বাবা :—বাই এলঃ ইবুংঙোহল সিংহ অমস্থং এনঃ খেলচন্দ্র সিংহ

৩। খুমন নিংথৌরোল লম্বুবা :—বাই বিঃ কুলচন্দ্র শর্ম্মা

লাইখুরাম ইবোবী
ৱাংখৈ কৈথেল অশাংবী,
ইম্ফাল।

# খুমন কংলৈরোন অমসুং
# লাইখুরাম শাগৈগী মৈহৌরোন

খুমন কংলৈরোন অমসুং লাইখুরাম শাগৈগী মৈহৌরোনগী য়ারীগী মাংওইননা শলাই ৭ কী লাইশিংগী মিং অমসুং খুমন শলাইগী মসুংদা লৈবা য়ুম্নাকশিং অসিসু কাম্নগনি হায়না খঙবদগী অহানবমক্তদা থমজরি। খুমন শলাইগী য়ুম্নাকশিং অসি মসিনা মরোইরে হায়জবদি নত্তে অহুবু হৌজিক ফাওবগী মসুংদা লাইরিক অসিবু ইথোকচরিবা ঐনা ফংজবশিং অহুমথে হাপচরি। অতে অথওবশিংনা পীবিরকপা পাউত্তাক ফিগাউ শানা য়াজগনি। হৌজিক পুথোকচগদৌরিবা লাইরিক অসি লাইখুরাম শাগৈগী পুয়া অহু খুমজাম্ব। মুগোরিনা নৌনা ইথোকপনি। মহুদগী লাইখুরাম ইবোবী ঐনা অমুক শিন্দোকচরগা শাগৈগী অয়াবগা লোয়নননা ফোঙদোক্কবা হোংনজবনি।

## শলাই ৭ কী লাইশিংগী মিং পীজরি।

১। মঙাং শলাইগী লাইদি অতিংকোক শিদবনি।

২। লুৱাং শলাইগী লাইদি কৌবরেন্মি।

৩। খুমন শলাইগী লাইদি তাউরোইনাই পাখংবনি।

৪। অঙোম শলাইগী লাইদি নোংথৌ শোরারেন্মি।

৫। চেংলৈ শলাইগী লাইদি নোংপোক মালং হুমওইবনি

৬। খাবা শলাইগী লাইদি চীংথৈ য়াইফু নিংথৌনি।

৭। মোইরাং শলাইগী লাইদি থাংজিংনি।

# খুমন শলাই

অসুম্না পুম্নানা পীরম্বা মরম্না খুমন শলাইগী লাইদি তাউরোই-নাই পাখংবনি হায়রবসি মথক্কী রায়োল অসিনা তাক্লি। তাউরোই-নাই পাখংবদগী শমখবকপা মচা-মগুশিংদগী মখাগী খুমন শলাইগী শাগৈশিং অসি পুম্নাশিংদগী খোমজিন্দুনা ফংজরে।

শাগৈশিং অদুদি :—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | লাইখুরাম | ২১। | খোইদিংজম |
| ২। | লাইশ্রম | ২২। | য়াংলেম |
| ৩। | হুরাইবম | ২৩। | থিংগুজম |
| ৪ | ওইনাম | ২৪। | পুথেম |
| ৫। | অখাম | ২৫। | ফাইরেনবম |
| ৬। | ঙমাকচম | ২৬। | লাংলেনহনবম |
| ৭। | খংমস্থেম | ২৭। | চান্দম |
| ৮। | ঙোকপম | ২৮। | মোংবিজম |
| ৯। | থম্নাম | ২৯। | মাইমোম |
| ১০। | অহোংশাংবম | ৩০। | লাংদেম |
| ১১। | চবুংবম | ৩১। | ঙাংবম |
| ১২। | খোংগ্রাম | ৩২। | কাংজম |
| ১৩। | হৈক্রুজম | ৩৩। | পল্লুবম |
| ১৪। | সিনাম | ৩৪। | ঙসেম |
| ১৫। | অন্তাম | ৩৫। | অহৈবম |
| ১৬। | খোংবম | ৩৬। | শোগাইজম |
| ১৭। | য়ংঙোজম | ৩৭। | কোঙোম |
| ১৮। | থাংশাবম | ৩৮। | তাইবংজম |
| ১৯। | হুংলেম | ৩৯। | রারেপ্পম |
| ২০। | কায়াম | ৪০। | ইপুশংবম |

৪১। শাপম
৪২। হাওবীজম
৪৩। কজ্রখম
৪৪। পুখ্রখম
৪৫। মাইবম
৪৬। মৈতানকৈশংখম
৪৭। লিকমাবম
৪৮। খিংগোম
৪৯। ময়াংলম্বম
৫০। চুংখাম
৫১। অয়াম
৫২। মৈকম
৫৩। চরোইবম
৫৪। জঙ্খাম
৫৫। খোরিশুম্বম
৫৬। লশাবম
৫৭। য়াইখিংবম
৫৮। লাংগম
৫৯। খিংবাইজম
৬০। থাংজম
৬১। শমুকচম
৬২। খোইরোম
৬৩। নাঁম্রম
৬৪। হাওবম
৬৫। মোইরেংজম
৬৬। হেস্তাকপম
৬৭। য়েনসেম্বম
৬৮। য়েস্তাকপম
৬৯। ভাউরেম
৭০। অয়োম
৭১। তোঙ্গম
৭২। পুয়াম
৭৩। ঝুংখাম
৭৪। নেপ্রম
৭৫। ইংঙুদম
৭৬। মোইচেম
৭৭। লাংকৈবম
৭৮। ফাঙ্গেম
৭৯। য়াম্বেম
৮০। ভাসেপ্পম
৮১। পাংভম্বম
৮২। শঙ্গেনবম
৮৩। হ্বায়েনবম
৮৪। চিংথাম
৮৫। শাকাপ্রম
৮৬। হাওরোংবম
৮৭। তৌমোম
৮৮। সন্ধাম
৮৯। লানথম
৯০। কদাম
৯১। য়াউশম
৯২। বাঙ্গোম
৯৩। তাওইবম

উঁ হুঁ ভেংবানবগী মপু কুরুম শিদবন্তু খুরুম্না লাইখুরামগী মৈহৌরোনবু ইজরকে। ময়েকপু মশোনবু লানখিবা, পথাপপু-পরিংবু কায়খিবা অসি পুন্নমকপু তাখিবিগনু হায়না লাইখুরাম পোকপা লাইনিংথৌবু হন্নম তাওজ ইকোক কৎনা খুৎকাং চেৎনা লোন্না খুকমজরি।

# খুমন কংলৈরোন।

'মাংওইবীদি তোনথাংমুনে। শামুনা কোম্লে; থারোইনা খুমন পোকএ। অহিং নোংময়াইদা পোকএ। থাদি শন্তিবু থাগী ২৫নি পানবা লৈবাকপোকপা মুমিৎনে। খরানমিচাক্তি থাজুং তেলহৈবনে। নাউরোইবীদি পিয়াইমুনে। ইরুবদি পুমলেম্লে। লৈদি লৈশং-কাকলৈ অনিমক্লে। মুং-পান ৩মক্তি পুমলেন্দা লৈবনে। লাদি কাকলানে। শীংদি শম্মি-চাউখোং অনিমক্লে। মৈদি মৈথাঙ ৭তগী লোৎও। থাঙদি তোনককপনে। নাহৈবদি পুং ফাইনা হাগইনি। য়েল মচুদি কুমলংনে। মঙোন্দগী খুমন পোকএ। মুং তরেংনা খুমন পোকএ। কুরুম শিদবগী খুৎ য়েৎতগী খুমন চোং-থোকখি। অদু নোংগীবু খুমন য়েক-শলাই কোওএ। খুমনগী মচুদি কুমলংনে। মিমু লাবনা খুমন পোকখিয়ে। মুমিৎতি লৈবাক-পোকপনে। লাইদি 'রাংবরেম্লে। মমিংদি তিনমুরেন মাহিংচি কৌয়ে। মচুদি অমুবনে। মতমদি নোংময়াইদনে। মুং-পান ৩মক্তি পুমলেন্দা লৈবনে। লৈদি লৈশং-কাকলৈ অনিমকনে। লাদি কাকলানে। থাদি মেরাথা ১৮নি পানবনে। খরানমিচাকতি চীং-জরোইশীনে। মৈদি মৈথাঙ ৭তগী লোপনি। শীংদি শম্মি-চাউখোং অনিমক্লে। নাহাইনবদি পুং ফাইনা হাইগনি।

# খুমন নিংথৌরোন।

হয়িচক (সত্য যুগ), হয়াচক (ত্রেতা যুগ), খুনুংচক (দ্বাপুর যুগ) মোইরবদা লাংবচক (কলি যুগ) তা পামবা খুমনগী নিংথৌদি চিনফু-রেন্স লৈচিক ঙানবীন। পোকপা নোংদমলেন অখুবনা খুমন লৈবাক্তা খুমন নিংথৌ ওইতুনা পাল্লে। লৈথমলেন চমুনা লৈমরেল ওইরে। খুমন নিংথৌ নোংদমলেন অখুবগী কোন্নুংদি থৌবালদা ওইবনে। নোংদমলেন অখুবগী মতুংদা কুরুমলেন অহনবনা খুমন নিংথৌ ওইরে। চিংসু লৈমনা লৈমরেল ওইরে। কুরুমলেন অহনবগী মতুংদা কুরুমলেন মৈনাইদবনা খুমন নিংথৌ ওইরে। হান্নু লৈমনা লৈমরেন ওইরে। কুরুমলেন মৈনাইদবগী মতুংদা কুরুমলেন মৈ-নাইবনা খুমন নিংথৌ ওইরে। লৈফুরেন চমুনা লৈমরেন ওইরে। কুরুমলেন মৈনাইবগী মতুংদা পোংথাং-পোংহন্না খুমন নিংথৌ ওইরে। পিশিন্নুনা লৈমরেল ওইরে। পোংথাং-পোংহনগী মতুংদা হৈরোং-লেন লোংজুম্বনা খুমন নিংথৌ ওইরে। পিশিন্নু থোম্বীনা লৈমরেল ওইরে। হৈরোংলেন লোংজুম্বগী মতুংদা হৈরোংঙাং-থাঙাংলেম্মা খুমন নিংথৌ ওইরে। পিয়াইম্নুনা লৈমরেল ওইরে। হৈরোংঙাং-থাঙাংলেনগী মতুংদা মপারী অহন থারারেম্মা খুমন নিংথৌ ওইরে। থারারেন অসিদি লৈমুং থোংঙারেনগী থবক্তা অশিবগী শীনবদা মাওবা লাইগুম্বা মীনি। মপারী অতোম্বা চীংগোঙ পোইরৈতোন লৈমুং পোইনাউতাদি চীংদা থবতুনা লৈখি।

লাংবচক্কী মমৈ ওইরক্লবদা খুমন নিংথৌ থারারেম্মা লৈখিদ্রবদা পোইরৈতোম্মা খুমন লৈবাক্তা খুম্থোক্লক্লে। পোইরৈতোম্মা খুমনগী নিংথৌ ওইরে। লাইনিংথৌ লৈমুং থোংঙাইবা (লৈমুং থোংঙারেন) গী মমোমলোয় লৈমা লৈনাউতাবীনা খুমন নিংথৌ পোইরৈতোনগী লৈমরেল ওইরে। মচন ইবেম্মা খুমন চমু লাই সনানা কংলৈ নিংথৌ নোংদা লাইরেন পাখংবগী লৈমরেল ওইতুনা পাল্লে। পোইরৈতোনগী

মতুংদা মপারী শিংতাপুঙনা খুমনগী নিংথৌ ওইরে। সনখোঙ পুনেম্বা চম্মুনা লৈগরেল ওইরে। পোইরৈতোনগী মপারী খুমন নিংথৌ শিংতাপুঙ অসি অঙাং ওইরিবৈঙেদা মতম চাদনা শিরুরবনি। মহাক শিরে হায়রুনা শিবগী থৌরম কয়ামুক তৌরগা লোইশিন্দ্রিবৈঙেগী মতমদা অমুক হিংগৎলক্লে। মহাক্কী য়াইবী থরায় অহুনা লৈম্নুং থোংঙারেনগী মনাক য়োরবা মতমদা লৈম্নুং থোংঙারেম্মা হায়রকখি। নহাক্কি নোংয়াই খুমন নিংথৌ ওইহনিগদবনি। ননোংয়াই চৎনরোল, চৌংঙু লাইগী কুমজন-থাজনবা, ইরাং-থৌনিবা, মিকোন-থাগোনবা পুম্নমক অহুবু নোংয়াই নংনা খুমন নরৈবাক্তা শন্দোকলুখো। নংগী নথৌ লোইদ্রিবৈঙেদা থোংঙারেন ঐগী ইনাক্তা কদোবগী লাকপনো, অমুক হল্লুখো হায়রক্লবদা পোইরৈতোনগী মপারী অমুক হিংগৎ-লকখি। শিংতাপুঙনা নিংথৌ ওইরবা মতমদা লৈম্নুং থোংঙারেম্মা তাক্লকপা পাউতাক মতুং ইন্না থনক পুম্নমক নীংথিনা পাঙথোকখি। খুমন নিংথৌ শিংতাপুঙবু শিরুরগা হল্লক্নুনা নিংথৌ ওইরবনি হায়রুনা থমনুং ওন্দেবা, শরাই-হনবাইবা, থমলৈ মীনুংকোন-শরাই-মীথুরোন ওন্দেবা হায়নস্নু কৌই (থমনুং লৈবাক্তগী অমুক হল্লক্নুনা পানবা)।

শিংতাপুঙগী মতুংদা মচানিপা অহন আরোংনা খুমনগী নিংথৌ ওইরে। চিনফুরেন লৈতংলেন চৌনখুবীনা লৈমরেল ওইরে। আরোংগী মতুংদা মচানিপা তুমাবনা খুমনগী নিংথৌ ওইরে। ঙাম্নুরোন থোংঙাইবা চম্মুনা লৈমরেল ওইরে। লৈম চিনফুরোল লৈচিক ঙানবীনা নোংদমলেন অথুবা পোকএ। তুমাবগী মতুংদা নোংদমলেন অথুবনা খুমনগী নিংথৌ ওইরে। লৈথমলেন চম্মুনা লৈমরেল ওইরে।

---

থমলৈ ওন্দেবা :—থমনুং লৈবাক্তগী মাই ওন্দুনা লাকপা।

শরা-হনবাইবা :—শরা তাল্লুরবদগী (শিরুরবদগী) হল্লক্লবা।

রাংঙমলোন :—কংলৈ মৈতৈ নিংথৌগী মমোম।

ঙাম্নুরোন :—কংলৈ মৈতৈ লৈবাক্তা ঙাম্না পানবা অচৌবশিংগী মমোম।

অমসুং নোংঙ্ঙমলেন অহনবা পোকএ। নোংদমলেন অথুবগী মতুংদা নোংঙ্ঙমলেন অহনবনা খুমন নিংথৌ ওইরে। লৈকম লাংবীনা লৈমরেল ওইরে। নোংঙ্ঙমলেন অহনবগী মতুংদা য়োইরাংপোক পুনশিবনা খুমনগী নিংথৌ ওইরে। ভাম্বুরোন য়াইবী লৈমনা লৈমরেল ওইরে. য়োইরাংপোক পুনশিবগী মতুংদা অদোন কাজেং রায়মনবনা খুমনগী নিংথৌ ওইরে। রাংঙমলোন পেংশিবা চনু লৈকম চেংবীনা লৈমরেল ওইরে। কাজেং রায়মনবগী মতুংদা অতোন নোংবা খোম্বনা খুমনগী নিংথৌ ওইরে। রাংঙমলোন নাউথম্বা চনু লৈকম লেম্বীনা লৈমরেল ওইরে। অতোন নোংব-খোম্বগী মতুংদা মপাগী খোম্বা-নিংথৌবনা খুমনগী নিংথৌ ওইরে। রাংঙমলোন নাউকংবা চনু লাইবীনা লৈমরেল ওইরে। খোম্বা-নিংথৌবগী মতুংদা লাইফং-বনা খুমনগী নিংথৌ ওইরে। ভাম্বুরোন কাইনৈমনা লৈমরেল ওইরে। হায়না খুমনগী কোম্বং থৌবালদা ওইরম্বদগী মতাংদা মচৌমচাগী মরাং ইম্ফালদসু কোম্বং শেমগৎলম্মী। লাইফংবগী মতুংদা মপাগী পুন্সি যুমোইবনা খুমনগী নিংথৌ ওইরে। ভাম্বুরোন চনু থম্বীনা লৈমরেল ওইরে। পুন্সি যুমোইবগী মতোম খয়োইরোন ঙাম্বী দি (ভাম্বুথম্বীদি) লুরাং নিংথৌ পুন্সিবগী লৈমরেল ওইদুনা পাল্লে। খয়োইরোন ঙানবীনা মপাগী শেনবা মিয়াবগা লেংহনবা খুমন লৈবাক্তা লৈরবদা মপাগী শেনবা মিয়াবনা পালেম মমাগী পাউক্তাক মতুং ইন্না ইমোইনু অতোংবীবু লুরাংদগী পুবক্না খুমন কোম্বংদা লাংচখি। ইমোইনু অতোংবীগী পাউতাক মতুং ইন্না নিংথৌ পুন্সি যুমোইবনা মপাগী য়োইথোংঙাইবু লোইবী চীংদা মমাগা লোয়নননা মতম খরা লৈহন-খ্রগা মগুনিপা লুরাং নিংথৌ পুন্সিগী মপাগী শেনবা মিয়াববু খুমনগী নিংথৌ হাপখি। মসি কংলৈ নিংথৌ নাউথিংখোংগী মতমনি। শেনবা মিয়াবনা শিরবা মতমদা খয়োইরোন ঙানবী (পিয়াইরোক) না মপাগী য়োইথোংঙাইগা লোয়নননা খুমন্দা হল্লক্লনা য়োইথোংঙাইনা খুমনগী নিংথৌ ওইরে। ভাম্বুরোন কাইরেমনা লৈমরেল ওইরে।

য়োইথোংঙাইগী মতুংদা মপারী হাওরমতোম্বা খুমনগী নিংথৌ ওইরে। ঙাম্বুরোন চম্নুনা লৈমরেল ওইরে। হাওরমতোনগী মতুংদা মপারী মেনশোম্বনা খুমনগী নিংথৌ ওইরে। ঙাম্বুরোন চম্নুনা লৈমরেল ওইরে। নিংথৌ মেনশোম্বগী মতুংদা থোংলৈরোমনা খুমঁন নিংথৌ ওইরে। ঙাম্বুরোন খায়খিবা চম্নুনা লৈমরেল ওইরে। থোংলৈ-রোমগী মতুংদা চীংখোঙ থোংগ্রাইবনা খুমন নিংথৌ ওইরে। চীংয়াই ঙাম্বুরোন চম্নু চীংশোম্বীনা লৈমরেল ওইবে।

খুমন নিংথৌ চীংখোঙ থোংগ্রাইবগী মপারী ৫ (মঙা) ফংখি। (১) পুরান খুনৌ শীব (২) নিংথৌ শিম্বারোং (৩) থোংহন (৪) থোংয়াই (৫) লাইব মঙা অসিনে। পুরান খুনৌ শীবদি শোইনাইদে। থোংহনগী ঈদি :—১। খম্নাম ২। অহোংশাংবম ৩। চবুংবম ৪। থোংগ্রাম ৫। হৈক্রুজম অসিনে। থোংয়াইগী ঈদি :— ১। সিনাম ২। অতোম ৩। থোংবম ৪। য়াংঙোজম ৫। থাংশাবম ৬। হংলেম ৭। কারাম। লাইবগী ঈদি :— লাইনা ঙাওরক্লবা মতমদা খাম্বা ঙম্দ্রী হায়বগী দমক লাইববু লাইখাম্বা হায়নসু কৌই। লাই-খাম্বগী ঈবু লাইখাম্বম হায়না খঙনরম্মী। মমৈখংদা লাইখুরাম হায়না থৈথরকখি।

নিংথৌ য়োইথোংঙাইগী মপারী নিপান ফংখি। (১) হাওরম অহন (২) হাওরম মুংগোম্ব য়াইমবা (৩) হাওরমতোন (৪) নিংথৌ মেনশোম্বা (৫) অখিংবা (৬) থোংবু শানবা (৭) লিক্লাই থাবা (৮) থোংলৈরোম নিপান অসিনে। হাওরমহনগী ঈদি :— ১। থোইদিংজম ২। য়াংলেম অসিনে। হাওরম মুংগোম্ব য়াইমগী ঈদি :— ১। খিংঙুজম ২। পুথেম ৩। ফাইরেনবম ৪। লাং-লেনহনবম ৫। চান্দম। অখিংবগী ঈদি :— ১। মোংবিজম ২। ওইনাম ৩। মাইমোম অসিনে। থোংবু শানবগী ঈদি :— ১। লাংদেম ২। ঙাংবম। লিক্লাই থাবগী ঈদি :— ১। হরাইবম ২। কাংজম ৩। পল্লুবম।

লুরাং নিংথৌ পুজিবগী মপারী শেনবা মিমাবগী মপারী অহুম শাংলি। মচা অহন লাইকুবু লয়ভাংদা থয়রে, মচা য়াইমা লাইখাবুনা উচিরাদা থয়রে অত্তুগা অতোম্বা অতুনা চীংদা লৈখে। মখোয় অহুম্মক লোৎতুনা লৈখে।

চীংখোং খোংগ্রাইবগী মতুংদা মপারী শিয়ারোংনা খুমন নিংথৌ ওইরে। য়াংঙমলোন খোংঙাইখোংনা লৈমরেল ওইরে। নিংথৌ শিয়ারোংগী মতুংদা চেকয়াম্বনা খুমন নিংথৌ ওইরে। য়াংঙমলোন পিয়াইখোংনা লৈমরেন ওইরে। নিংথৌ শিয়ারোংগী মতুংদা মপারী থিংকোল লিকমাবনা খুমন নিংথৌ ওইরে। য়োইরুমলোন মুংবীনা লৈমরেন ওইরে। থিংকোল লিকমাবগী মতুংদা মপারী কোকপা খমলাংবা (কাওবা, অমুদোন, হিঙম্ব) না খুমন নিংথৌ ওইরে। খুমন নিংথৌ কাওববু অমুদোন হায়নসু কৌনৈ। শুগন্নুদগী য়ানবা চাউরবা হি অমা তোংঙি। মহাক্কী "হি" অত্তু পাইহনবা ভয়্মী হায়বগীদমক হিঙম্বা হায়নসু কৌই। নিংথৌ কাওবনা হৈপোক নিংথৌগী মযোম ঈরয়মবু তালোয় শাংদা চনগে হায়নরুদা ইকাইবা নংথিবদগী হৈপোক চীংদা শাথুপতুনা লৈখি। খুমন নিংথৌ কাওবগী মতুংদা মনাওনীপা অদোন য়াইথিংবা মুংনাং উশোনবনা খুমন নিংথৌ ওইরে। নাউশং লাকপা চম্বুনা লৈমরেল ওইরে। নিংথৌ য়াইথিংবগী মতুংদা শময়োক ফাবা য়োংতান থৌবনা খুমন নিংথৌ ওইরে। লংমাই নিংথৌগী মযোম কাইনৌবীনা লৈমরেল ওইরে। শময়োক ফাবগী মতুংদা থোংবু শমুক কোম্বৌবনা খুমন নিংথৌ ওইরে। ভাম্নুরোন শংলৈমনা লৈমরেল ওইরে। থোংবু শমুক কোম্বৌবগী মতুংদা মপারী থিংকোলহনবনা খুমন নিংথৌ ওইরে। ভাম্নুরোন শঙলৈম হাওয়েন খোংতৌবীনা লৈমরেল ওইরে। থোংবু কোম্বৌবগী মতুংদা মপারী শেকপু কাইনৌ চীংশোম্বনা খুমন নিংথৌ ওইরে। চীংশোম্বগী মতুংদা মনাওনীপা কাংচিং লৈনাউতাবনা খুমন নিংথৌ

ওইরে। য়োইকমলোন খোংলৈমনা লৈমরেল ওইরে। কাংচিং লৈমাউভাবগী মতুংদা মপাগী ইকোপ লানথবনা খুমন নিংথৌ ওইরে। রাংঙমলোন নাউরেমতোম্না লৈমরেল ওইরে। ইকোপ লানথবগী মতুংদা মপারী পুংন্সি পুরেনহনবনা খুমন নিংথৌ ওইরে। রাংঙমলোন অপানফবীনা লৈমরেল ওইরে। লাইশ্রা, ডাম্বুরোন য়াওশোম্বী, রাংঙমলোন চৌংখৈ থানবীম্ভ নিংথৌ লৈম ওইখি। খুমন নিংথৌ পুন্সি পুরেনহনবগী মতুংদা রাংঙমলোন অপানফবীনা পোকপা চারনবনা খুমন নিংথৌ ওইরে। থংীলাই খুংগু চম্নুনা লৈমরেল ওইরে। নিংথৌ চারনবগী মতুংদা মপারী য়াওশুঙম্বনা খুমন নিংথৌ ওইরে। তরমগুনা লৈমরেল ওইরে। য়োইরেন তোমপোকপীম্ভ লৈম ওইহল্লে। য়াওশুঙম্বগী মতুংদা লময়াই কাইখিনবনা খুমন নিংথৌ ওইরে। রাংঙমলোন চম্নু কাংজাম্বীনা লৈমরেল ওইরে।

খুমন নিংথৌ থিংকোল লিকমাবগী মনাওগী ঈদি :—১। অসেম ২। থোংগ্রাম। থিংকোল লিকমাবগী মপারী মঙা শাংলি। (১) সোইপাই অহনবা (২) কাইবী থারমপানবা (৩) লিকমম লানথবা (৪) সোইপাই ভাঙজাম্বা (৫) থোংবু অতোনবা। সোইপাই অহনবগী ঈদি :— ১। কোংলাম ২। সোগাইডম। সোইপাই ভাঙজাম্বগী ঈদি :— ১। অসেম ২। ভাইবংজম ৩। ভাইবংজম রারেপ্পম ৪। ইপুশংবম। কাইবী থারমপানবগী ঈদি :—১। সাপম ২। তাওবীজম ৩। কত্রম্বম ৪। অসেম। থোংবু অতোনবগী ঈদি :—১। থোংবম। খমলাংবদি চৌংদা কাহনা তাও ওইখি। খুমন নিংথৌ থিংকোল লিকমাবগী মপারী নিংথৌ খোম্বগী ঈদি :—১। পুখ্রম্বম ২। শিনাম ৩। মাইবম ৪। মৈ-ভানকৈশংবম ৫। লিকমাবম ৬। থিংগোম ৭। মঙ্গাংলম্বম ৮। চুংথাম ৯। অয়াম ১০। মৈকাম ১১। অমাকচম ১২। চরোইবম ১৩। অকাম ১৪। থোয়রিশুম্বম অসিনে। খুমন নিংথৌ শমুয়োক ফাবগী মনাওগী ঈদি :— ১। লমাবম ২। য়াইথিংবম ৩। লাংগম অসিনে।

নিংথৌ থোংসু শমুক কোনথৌবগী মনাওগী ঈদি :— ১। খাংজম ।( শমুকচম )। খিংকোন খুবগী ঈদি :— ১। খিংবাইজম ২। খোইরোম। পেকসু কাইনৌ চিংশোম্বগী ঈদি :— ১। খিং-গোমনে। খেঙ্গইবা তেনহৈবগী ঈদি :— ১। নাজম ২। হাওবম। নিংথৌ ইকোপ লানথবগী মনাও শাকবগী ঈদি :— ১। মোইরেংজম ২। হেস্তাকপম ৩। য়েনশেম্বম ৪। য়েনস্তাকপম। নিংথৌ থোংপু-হুনবগী ঈদি :— ১। লাইশ্রম ২। তাউরেম ৩। অমোম ৪। লাই-খুরাম ৫। তোনজম অসিনে। লৈফোনবগী ঈদি :— ১। পুম্রাম ২। য়ুংখাম ৩। নেপ্রম ৪। ইংঙুদম ৫। মোইচেম ৬। লাংহৈবম ৭। ফানজেম ৮। অথাম ৯। য়ামেম ১০। ভাসেম্রম ১১। পাঙম্বম ১২। তোকপম ১৩। শনজেনবম ১৪। রায়েনবম ১৫। চিংখাম ১৬। শাকাম্রম ১৭। হাওরোংবম ১৮। তৌমোম ১৯। সন্ধাম ২০। লানথম ২১। কাদাম অসিনে। নিংথৌ লময়াই কাইখিন-বগী মনাও য়োমবগী ঈদি :— ১। খাংজম ২। (খাংজম) য়াউশম। সনাচাউগী ঈদি :— ১। খুমন্থেম ২। রাংগোম ৩। তাওইবম ৪। অহৈবম। খুমন নিংথৌ লময়াই কাইখিনবগী ঈদি :— ১। লাইখুরামনে।

## রাইখুরাম শাগৈ

কংলৈ নিংথৌ কোংয়াম্বগী মতমদ :— ১৩২৪-১৩৩৫ নি। মতম অসিদগী লময়াই কাইখিনবনা খুমন্দা পানবনি। খুমন নিংথৌ লময়াই কাইখিনবনা কংলৈ নিংথৌ কোংয়াম্বগী মমোমলোই রাংঙমলোন কাংঙুজাম্বীবু লৈমরেল হাপলে। রাংঙমলোন কাং-ঙুজাম্বীনা থম্বগা ওমপুগা পিবা অনিমক পোকয়ে। থম্বনা সরাংথেম চম্ম পাম্রহুনা ১। মাইমু ২। কিয়াম্বা ৩। হাম্ম অহুম্মক পোকয়ে। ওম্পুনা হৈসনাম চম্ম পাম্রহুনা চাউবা পোকয়ে। মাইমুনা ১। মুতুম চম্ম ২। রাইখোম চম্ম অনিমক পাম্রয়ে। মুতুম চম্মুনা খোংঙম পোকয়ে, রাইখোম চম্মুনা পোরেীগা ওমাগা

অনিমক পোকয়ে। কিয়াম্বনা ১। সনসম চম্নু ২। লোইতোংবম চম্নু ৩। থোকচোম চম্নু অহুম্মক পাম্লেয়ে। সনসম চম্নুনা (১) খুনখোম (২) হাওচৌ (৩) তোনাবা অহুম্মক পোকয়ে। লোই-তোংবম চম্নুনা তখেল পোকয়ে। থোকচোম চম্নুনা ১। মুহোন ২। কোংয়াম্বা অনিমক পোকয়ে। খম্বনা পোকপা হাম্নুনা য়ুম্নাম শনখিবম চম্নু পাম্লহুনা ১। মংলেম ২। অরোই অনিমক পোকয়ে। ওম্পুগী মচা চাউবনা লোইতোংবম চম্নু পাম্লহুনা অশাংকা খোম্বগা অনিমক পোকয়ে। অশাংকি মাংখরে, খোম্বসু শোইনাইদে। মাইমুগী মচা খোংওম্না খরিবম চম্নু পাম্লহুনা ১। মনিরাম ২। অপোং ৩। চুরামনি অহুম্মক পোকয়ে। মাইমুগী মচা ওমানা য়াংখেম চম্নু পাম্লহুনা সিরাম পোকয়ে। মাইমুগী মচা পোরৌদি শোইনাইদে। কিয়াম্বগী মচা খুনখোম্না মুতুম চম্নু পাম্লহুনা গৌরহরি পোকয়ে। হাওচৌনা নোংথেম্বম চম্নু পাম্লহুনা (১) লোইজা (২) চন্দ্র (৩) লতা (৪) খম্বা (৫) কৈকুম মঙামক পোকয়ে।

হাম্নুগী মচা মংলেম্না (১) চকপ্রম চম্নু (২) য়ুমলেম্বম চম্নু অনিমক পাম্লেয়ে। চকপ্রম চম্নুনা খোয়া পোকয়ে। য়ুমলেম্বম চম্নুনা (১) অনঙ্গরোই (২) হরি (৩) মরারি অহুম্মক পোকয়ে।

খোংওমগী মচা মনিরাম্না কৈসাম চম্নু পাম্লহুনা (১) বল-রাম (২) নিমাই (৩) হাওরমতোন অহুম্মক পোকয়ে। বলরাম্না মুতুম চম্নু পাম্লহুনা (১) জয়সিং (২) চন্দ্রসিং (৩) পুর্ণসিং (৪) ভরত মরিমক পোকয়ে। জয়সিংনা য়াইখোম চম্নু পাম্লহুনা কেশ্বরসিং পোকয়ে। কেশ্বরসিং পিবানে। পুর্ণসিংদি অয়াদা লৈখ্রে। চন্দ্রসিং শোইনাইদে। ভরতনা (১) তেনসুবম চম্নু (২) মুতুম চম্নু অনিমক পাম্লে। তেনসুবম চম্নুনা (১) জিবানন্দ (২) কুলধজ (৩) মদন (৪) ক্ষেমা মরিমক পোকয়ে। মুতুম চম্নুনা (১) ললিত (২) মাধোব অনিমক পোকয়ে।

-নিমাইনা ১। থৌদাম চম্নু ২। ভাইরাংবম চম্নু অনিমক পাম্লৈ। থৌদাম চম্নুদি শোইনাইদে। ভাইরাংবম চম্নুনা ১। উত্ত ২। খারৌভম্বা অনিমক পোকয়ে।

হাওরমতোম্বা মৈদিংগু চম্নু পাম্লৈ, শোইনাইদে। অপোংবা হুইদ্রোম চম্নু পাম্লদুনা অবুংজাউ পোকয়ে। অবুংজাউনা অচোইবম চম্নু পাম্লদুনা ১। হমু (কান্নু) ২। জয়রাম ৩। ধনি অহুম্মক পোকয়ে। অহুম্মক শোইনাইদে।

খোংভমগী মচা চুরামনিনা মুতুম চম্নু পাম্লদুনা খম্বা পোকয়ে। খম্বনা ১। কৈসাম চম্নু ২। য়ুম্নাম চম্নু ৩। শানৌজম চম্নুনে অহুম্মক পাম্লৈ। কৈসাম চম্নুনা করুনা পোকয়ে। য়ুম্নাম চম্নুনা অঙোনজাউ পোকয়ে। অনিমক শোইনাইদে। শানৌজম চম্নুনা বলরামগা কৃত্তিবাশিগা অনিমক পোকয়ে। কৃত্তিবাশিদি শোইনাইদে। বলরামনা মৈদিংগু লোইরেনখোম্বা চম্নু পাম্লদুনা অঙাংজাউ পোকয়ে, অঙাংজাউসু শোইনাইদে। লোইজানা লোংজম চম্নু পাম্লদুনা গৌর পোকয়ে, শোইনাইদে। চন্দ্রনা ইরোম চম্নু পাম্লদুনা রোসমনি পোকয়ে। রোসমনিনা (১) মৈদিংগু লোইরেনখোম্বা চম্নু (২) সনসম চম্নু (৩) রাইরোকপম চম্নু অহুম্মক পাম্লৈ। মৈদিংগু চম্নুনে সনসম চম্নুনে অনিমক শোইনাইদে। রাইরোকপম চম্নুনা অঙাংজাউ পোকয়ে।

লভানা খাংগুরাকপম চম্নু পাম্লদুনা (১) লবগা (২) শাজোগা (৩) চেকশাগা অহুম্মক পোকয়ে। লবনা য়ুম্নাম চম্নু পাম্লদুনা তুলসিং পোকয়ে, তুলসিংদি মাংখে। শাজোনা ১। চকপ্রম চম্নুনে ২। কৈশাংথেম চম্নুনে অনিমক পাম্লৈ। চকপ্রম চম্নুনা ১। ভবামগা ২। তোলেনগা অনিমক পোকয়ে। কৈশাংথেম চম্নুদি শোইনাইদে। চেকশাসু শোইনাইদে।

কিয়াম্বগী মচা তোনাবনা ইরোম চম্নু পাম্লদুনা চাউবা পোকয়ে, অরাদা লৈখে।

মংক্লেমগী মচা খোইয়ানা হুইরোংবম চমু পাম্নহুনা (১) হিঙমগা (২) ঙৌবগা অনিমক পোকয়ে। অনজরোইনা হুইরোংবম চমু পাম্নহুনা (১) স্যামগা (২) রুপগা অনিমক পোকয়ে। হন্বিনা শমজেৎ-শাবম চমু পাম্নহুনা (১) শিরাম (২) তোলেন অনিমক পোকয়ে। অনিমক শোইনাইদে। মুরারিনা রাংলেম্বম চমু পাম্নহুনা লব পোকয়ে। লবনা নিংথৌজম চমু পাম্নয়ে, শোইনাইদে।

খোয়াগী মচা হিঙম্বনা কৈসাম চমু পাম্নহুনা (১) পত্রসিং (২) খরা ঙম্ব অনিমক পোকয়ে। পত্রশিংনা (১) চনম চমুনে (২) হোদাম চমুনে (৩) রাংথেম চমুনে অহুম্মক পাম্নে। চনম চমুনে হোদাম চমুনে অনিদি শোইনাইদে। রাংথেম চমুনা অতোনজাউ পোকয়ে। খরা ঙম্বনা হিদাম চমু পাম্নহুনা (১) অতোনজাউবগা (২) অতোম্বগা অনিমক পোকয়ে। খোয়াগী মচা ঙৌবনা য়োইরেনবম চমু পাম্নহুনা (১) ফাইরেনগা (২) ধর্ম্মগা অনিমক পোকয়ে। ফাইরেন্দি শোইনাইদে। ধর্ম্মনা (১) রাইখোম চমুনে (২) ফানজৌবম চমুনে (৩) কৈসাম চমুনে অহুম্মক পাম্নে। রাইখোম চমুনা (১) হন্বিসিংগা (২) পুর্ণসিংগা অনিমক পোকয়ে, নীপানে। ফানজৌবম চমুনা (১) অতোনজাউগা (২) নিংথৌগা (৩) থোংপগা (৪) থোংলেনগা মরিমক পোকয়ে, নীপানে। কৈ-শাম চমুনা অঙাংজাউ পোকয়ে, নীপানে। হাওচৌগী মচা কৈঙমম্বু শোইনাইদে।

নিমাইগী মচা উত্রনা তোনজাউগা তোম্বগা অনিমক পোকয়ে, নীপানে। অনিমক রাংজিংদা তায়ে। নিমাইগী মচা খংবৌ ঙম্বদি লাংজিং অচোবদা তায়ে।

**স্যামগী মতাং :** অনজরোইগী মচা স্যামনা থাংজম চমু পাম্ন-হুনা মঙানজাউ পোকয়ে। মঙানজাউনা থাংজম চমু পাম্নহুনা (১) বাপু (২) তোমাল (৩) গোকুল্লো অহুম্মক পোকয়ে। বাপুগা গোকুল্লোগা অনিদি শোইনাইদে। তোমালদি মোইরাংখোম

তারে। তোমালনা গোপালমনা থুরাই লাকপগী মচাহুনী-বাঙমলোন পানখোইবী সনা পাম্লহুনা (১) ইবুংঙোহল (২) ইবোয়াইমা (৩) তোম্পোক অহুম্মক পোকয়ে।

**ইবোতোন ঃ** খোমদোনগী মচা ইবোতোন (ইবোয়াইমনা) সলাম চম্নুপা ময়হুনা (১) তুনান (২) নবীন (৩) তোম্বা অহুমক পোকয়ে, নীপানে। মুপীনা (১) ঈশৈহনবী (২) পত্তি (৩) মিথু (৪) তেকপী মরিমক পোকয়ে। তুনান্না অশাংবম চম্নু ইবেমপিশক পাম্লহুনা (১) (১) বিহারি (২) অচৌবী (৩) থম্বা (৪) লোকেন মরিমক মরিমক পোকয়ে, নীপানে। মুপীনা (১) বিরোহিনী (২) অপাবী (৩) মুন্দরী অহুম্মক পোকয়ে। বিহারিনা নিংথোম্বম চম্নু ইবেমনি পাম্লহুনা (১) অজিৎ পোকয়ে নীপানে। মুপীনা (১) সনাহনবী (২) প্রেমিলা (৩) মেধা (৪) মিলন (৫) তোম্বী মডামক পোকয়ে। অচৌবীনা লৌরিয়াম চম্নু শক্তি পাম্লহুনা (১) ধনজিৎ (২) ধনেশ্বর (৩) সুরজিৎ (৪) ভিম্ম মরিমক পোকয়ে, নীপানে। মুপীনা নির্মলা পোকয়ে। থম্বনা নাউরেম চম্নু সনাথোই পাম্লহুনা (১) সুধির (২) সুনিল পোকয়ে, নীপানে। মুপীনা (১) বেবিচা (২) মাধুরী অনিমক পোকয়ে। লোকেন্না থৌরানীশাবী পাম্লহুনা জয়সংকর পোকয়ে। বিহারিগী মচা অজিৎনা য়ুমথাইবম চম্নু মেমচা পাম্লহুনা (১) অকনবালা (২) সুরবালা অনিমক পোকয়ে, মুপীনে।

ইবোতোনগী (ইবোয়াইমগী) মচা নবীন্না (১) শংঙম্বম চম্নু কৈনাহনবী (২) অয়েকপম চম্নু থম্বাল অনিমক পাম্লে। শংঙম্বম চম্নুনা (১) মঙ্গী (২) ইবেয়াইমা অনিমক পোকয়ে, মুপীনে। অয়েকপম চম্নুনা রাধা পোকয়ে, মুপীনে। তোম্বনা খুমুজম চম্নু গমভিনি পাম্লহুনা (১) স্যামকেশ্বর (২) অভিরাম (৩) বাবুরাম (৪) বিনোদকুমার মরিমক পোকয়ে, নীপানে। মুপীনা (১) রঙ্কোনী (২) মেমচা (৩) বীমোলা পোকয়ে।

